১৯৮০-৮১গী মণিপুর সরকারগী মহৈ-মশিং লোইশংগী শেম্মংনা ফোংবা

# কৈদোঁইঙৈ

মমল লুপা ৫/-

কোইজম ধীরেন

অকোংবা—অইবা [পূম্নমক অইবগী]

কপি—৭০০

নভেম্বর—১৯৮১

ফংকম—ইম্ফালগী লাইরিক য়োনফম দুকানশিং

নম্ফম—খোঙনাংথাবা প্রেস, খুরাই লাম্লাং কৈথেল।

# শক্তম

মুপা—

চৌকিদার— মীওইবগী তুংগী লাইবক্তি
থৌনা অমদি কিদবনা লেপই ।

ইরা— পৃথ্বীদা খেন্নবগী নিংবা কায়বা
হৌরকপদগী খেন্নবা থম্বা পামদবা;
চাংচং 'মত্তদা মান্নবা থম্নীংবা মীওই ।

মুপা— কুম্নুগী হান্নগী মুংশিরকপা
অমম্ভু মপুরোইবা ওইরম্বা ।

সন্যাসী— মুড অমস্তুং পানসি কৈদোউঁ
খংনরক্তনা, শোইথরবা মীওইবা কবি
করম তৌনা পানগী ফত্তবা, অমোংপা
রাফম থাদোক্তনা, মুঙগী শেঙলবা
অচুম্বা রাখলদা চংশিনহন্বা পাম্বা মীওই ।

মুপী—

কুম্নু— লমচংপু য়াম্না চেকশিন্না ইকাই খুম্মনবা থমজরবা
লুপ্রাবী অমনা লমচং মাংগ্রে হায়বদগী হুজিক্কী
সমাজদা লমচং অমস্তুং ফজবগী চাংয়েংনবম
ওইরিবা মীওই।

খঙ্গবা, নিংজবা কয়া
পাংথোকপা ঙম্লমদ্রবা
লাইরম্লেন্দা তিনখ্রবা
**ইচেম্মা মাধবী** দা কথোক্লবা।

# কৈদোঐঙ

## (অহানবা তাংকক)

সুমিদাং

[লম্পাক্কা তাইনবা কৈথেলশঙ ময়াদ লৈবা চেক্কা শাবা মীথু ফম অমা। চেক্কী ফক্লাং অদু শেংদোকপিদ্রবা অমনবা ফক্লাংনি। ফক্লাং অদুদা হিটলর নেপোলিয়নগী মচেং তারবা অয়েকপা লাই, পোষ্টর ভোটকী সিম্বোল খরা নাকন্দুদা মুৎশি-মুৎশি ছানবা মৈঙাল। মরক মরক্তা শগোল নাহেবা, মী নাহেবা, অপুম-আশাগী মনম নম্বগী মঙং মরক-মরক্তসু নুংশিরবা ঈশৈ-...মাহ, কৈথেল তিনখৎলকপগী চরাং-নবা মখোল অদু তপ্ন-তপ্ন নেমথরকই]।

চৌকিদার : [য়ু ঙাওদুনা থোরকই ফক্লাংদ ঙাথখি]।

ইরা : লৈবাক মচাশা হৌগৎপিরো।

চৌকিদার : [তিংলি-য়াং-লিদুনা শোনথাংননা] কনানো?

অথেংবা অহিংদা লাওরিবা কনানো?

ইরা : পৃথিবীগী মৈহৌরোল কয়াগী বারী শিংবুন নিংহন্নবা লৈতনা

য়োল্লক্লবা থোনা কদায়দা চৎখে, কনানা নমথহনখে ?

চৌকিদার : হংজো নশান নশাদ।

ইরা : অচুম্বা মীনুংশি, কয়াগী শেংলবা লম্বী মীওইবদা; মীওইবগী লিচৎ শাজৎ করম্বা ঈচেন্দা তাওথহুনা করম্বা ঈপাক্তা তিনখে ? 'মুক্তা থিগৎসি ঈপানাৎ ঈপুনাৎ।

খোঙ্গেজ : [মঙ্গুংদগী] লুপখিগদোরে কাম্নরোইয়ে অচুম্বনি, মীওইবা জাতি অসি লুপখিগদোরবনি। মেছিনগন, বোম-তোপ, রোকেটকী মরক্তা বিজ্ঞানগী সভ্যতা মরক্ত মীওইবগী থম্মোই থম্মোইগী মরি তৎনখরে! তৎনখ্রবনি [পুলিসকী হুইসেন] নখোয়রা অচুম্বা থিবা মীওইবশিং, মীওইবগীদমক্ত অশেংবা হিংবা মীওইবশিং, লৈবাকীদমক্ত মীওইবশিং, পৃথিবীগীদমক্ত অচুম্বা, অশেংবা, অফবা খঙলবা 'মুক্তা হোৎনসি, হোৎনসি লৈবাকমচাশ:। [চেনখিবা]

চৌকি : [মতোমতা নিংঙমদনা]
করম্বা পুন্সিগী মরেন্দ, ঐদি ঙসি হিংলিবা?
করম্বা পুন্সিগী তাংকক্ত, ঐনা ঙসি লৈরিবা ?
করম্বা মতমগী ঈচেলগী তোরৈদনো ঈরাক্লরিবা ?
মসিদৈ ঐনা তাওথখিহুনা করম্বা ঈপাক্তা তিল্লগবা?
হে পুন্সি! মীওইবগী পুন্সি!

কুম্ব : [চংলকপা, চরি তৎলবা হকচাং, কৈথেল কুম্লকপৈ থুমোক অহু থাহুনা, ফক্লাং অহুগী অতোপ্পা উখোং অহুদ ভাথহুনা পোথাই, স্বর মপী শাংনা হোন্দোকই]।

ইরা : কৈদৌঙৈ 'সিগুম্বা পুন্সি অসিদগী 'মুক্তং ঐনা
থাদোক্লম্লগা, মোংফমদা পোথাবা ফংগবা? হে মোংফম!
হে অশিবা! নতুং ইঞ্জরক্লে। তরাম্না অমুক্তংদি লেংগোম্নবিয়ু।

চৌকি : ঐখোয়দি পোথাজখিরোই। লেংবিখ্রো, ময়াম পুম্নমক
তুংইনবিখ্রো।

কুম্ব : [ওনশিল্লক্লুনা] করিগুম্বা ঐগী ইচানা
ঙসি ফাওবা হিংলমলবদি, মামক্তি চাউরনি।

চৌকি : [ঙাওরমবদগী জ্ঞান তারক্লুনা]
মতম অমদা ঐহাক ঐগী খুঙ্গংদা লৈরিঙৈ
করিমত্তস্ম খল্লুদে; অঙাং মতম ওইরিঙৈ
পুন্সিগী রাহং কয়া ঐগী থম্মোইদা হংদ্রিঙৈ।
অদুবু ঙসিদি, চঙক্লবা রাহং ময়ামগী পাওখুম পিগে
হোৎনবদা নিশাগী কোমদা য়ুলবনি।

কুম্ব : কয়াদা হুংশিখ্রবা অঙাংনো?
মতমগী খুত্থং ইন্দুনা হোংলকপা লৈচিনগী মতৌগুম; মিংকুপ
অমা, তাঞ্জা অমা খজিক্তং শোয়খিবদ 'মুক হোগৎপা য়াদথে
লৈখা তানা চিংথে।

চৌকি : কনাগুম্বা খরনা নৈনৈ স্বর্গ-নরক্কী রাফমত্থু ঐদি, খক
য়াওরুদে।

কুম্ব : ও! পাম্মুইদ; করিগুম্বা ঐগী ইচানা থাংগুথক্ত কেল্লমদ্রবা?
ঐনা পুত্থনা চৎকনি, অচুম্বা লম্বেন্দ মহাকপু।

চৌকি ঃ [কুসুমদা ওনশিল্লক্তুনা
কনানো ? হুজিক্কী সমাজদা অচুম্বা হায়দুনা পল্লিবা নহাকপু
কুসু ঃ কনাসু নত্তে ।
চৌকি ঃ অচুম্বা হায়বা ঝাহৈসি গীতা, বাইবল, কোরানগুম্ব থম্মগী লাইরিক খরদ ইবা নত্তনা, অচুম্বা লৈত্রবনি অচুম্বা থিবা খঙলবোই ।
কুসু ঃ মমা ওইবা অমনা মচাগীদমক খঙ্গবা পাথন্ন, থম্মোইদৈ চানবান্দ হাযদোকথিবা ঝাফম্নি ।
চৌকি ঃ মমা ওইবা ' [লুকথদুনা হনবা] ।
কুসু মান্নি । মমা ওইবা অমনা—
চৌকি . পৃথ্বীসিদা ঐগী ইমা
কৈদসু লাক্লবোই । লাক্লবোই । লাক্লবোই ।
কাঁরিগুম্বা নঙনা ঐগী ইমা ওইরম্বা তাবদি ।
কুসু ঃ ঐবু কবন্না থনগনি ?
চৌকি . মরুপ লৈবদগী য়েক্নবা থোরকপা য়েরবা লৈবদগী মরুপ থোক্লকপা সমাজ 'সিদ লৈরিবা মরূপ-মপাং অমদি শাগ নাতৈ কনান পুন্সিগী অচুম্বা লমেল কৈদৌঙৈ তাকপা ঙম-দ্রবদা মন ওইবাশি নদি মচাশিংগী অচুম্বা লম্বেন্দু তাকপিনি 'সি নত্র ?
কুসু ঃ অচুম্বনি । মমা ওইবা নত্তনা, মচাশিংবু মুংশিবদা তোংজবা বাম্নবা অমত্তসু থিনদে ।

চৌকিদার ঃ অচুম্বনি, তোংজবা য়াওদবা, মচাগী থবক্তি খঞ্জবা মসিনি খ্বাইদগী চাওবা ধর্ম্ম তাইবংসিদা।

কুম্ভ ঃ [য়াম্না নুংঙাইতনা] অচুগা!

চৌকি ঃ কবি 'মুক তোরে ?

কুম্ভ ঃ মক য়াওদ্রবা পানেম্না নো মা নো মগী কংশিল্লকপগুম, মমিং তাংলব মীগী, চৈশুনা পাম্বৈ ওইবগুম; মমা ওইবী ঐখোয়গী মচানা পাম্বৈ ওইগনি; 'দুম্ভ মচা লৈতবা ঐগী পাম্বৈসিবু করিনো ?

চৌকি ঃ মমা-মচা, শাগৈ-নাতৈ, মরুপ-মপা, পূন্নমক, চেকশিল্লক্লবা পুন্সিগী অরোইবা মতা দদি ইতোমতা হায়বাসনি, তাইবংপান, পূন্নমক কান্নদবান, তৌশিন্নবনি ইতোমতনি, ইতোমতা !!

কুম্ভ ঃ ইতোমতনি! ইতোমতা!

অচুম্বান, কয়াদা চুমখ্রবা, অঙাংশিনা ঙাংলিবসি।

চৌকি ঃ তাইবংপান্দা ইতোমতনি, ঐহাক নকমাসদগী

[নুমিদাংগী পং ১০ তাখিদগী খোঞ্জেল]

হিস ঃ থেংজিল্লক্লে ঐগী ইথৌ। [চেনখিবা]

কুম্ভ ঃ পুন্সিগী নুমিদাংবাইরম য়োৎরক্লবদা ঙাঙ্গ্রন্নবা মশেক 'মুক্তং অতিয়া মকোয়দা ঙাল্লম্লগা 'মম্বা হায়বা 'সিনা মায়কৈ খুদিংমক কুপখ্রবনি। [ঙাইহাক্তং ঙাথদুনা উইবা]

ইরা ঃ [মী কোইয়েং য়েনা য়েনা চংলকপা]

মতিক চাবা মী ওইবে, মী পূন্নমক্লা থাজনরে

ইরা লৈবাক্কী মীনি, দেশকীদমক্তা হিংলিবনি।

চৌকি : [মন্নুংদগী] কনানো, নুমিদাংদ লাংলন্নিবা ! তুম্বা য়াদে।

ইন্না : ঐহাক ঙসিদি লাক্লুবনি, ভুট ওইনা থংলব্রা ?

চৌকি : [মপান্দা থোরক্লুনা] কদাই ভুটতী।

ইন্না : তু ! নতুংদা য়েংউ ! উরব্রা কোয়ইন ইম্মন্নিবদো ?

চৌকি : তুমিন লৈয়ু, ভুট নত্তে 'সিদি।

ইন্না : কন্নিগী ভুট নত্তুনি ?

চৌকি : নত্তে, মসি ঐগী ইমিনি।

[মতুংদা থাউমৈ মঙান্দা তান্নিবা মমি য়েংদুনা]

ইন্না : হা-হা-হা [নোক্লদুনা] কন্নি হায়বা ! নমিনি।

চৌকি : মানি ইমিনি, নত্রবদবু কন্নিনো ?

ইন্না : নমি নত্তে তুটনিনে, মদুনা নহাকপু শোয়দনা নোংমদি হাংখিনি। পাপ কয়া তৌরক্লিবা 'দুগী প্রাইচিং তৌনবা ভুটনি।

চৌকি : পাপ ! কন্নি থবক্কী পাপ, ঐগুম্বা মীনাই মীগী লুখাক্তা ফেং-দুনা, সেবাদা তৌদুনা লাক্লিবা ঐগুম্বা 'মনা করম্বা মখলগী পাপ।

ইন্না : কন্নিগীদমক্তনো পাপপু 'দুক্কী মতিক কিন্নিবা ? 'দুগা পূন্নবু 'দুক্কী মতিক পাম্নিবা ?

চৌকি : থংদে, ইন্দ্রি পেম্নবা অমৈ থৌন্নাংবনি। পাপপু কিদবা, কনা লৈ তাইবংদা।

ইরা ঃ নঙনা লুখাক ফেংলি; হিংননবা;
মীনা অহাওবা চারি: হিংননবা;
নঙনা শরুদা পকপা মতোং চুপলি
মীনা মতোঙ ঙাক্তা হাওনা চারি
নঙনা থল্লি করিগুম্বা খরা হায়য়ুনে ?

চৌকি ঃ ঐহাক্না, ঐগী ফমসি থাদোক্লম্লবা
হিংখিগদ্রা ঐহাক নত্রগা চাবা ফংদতুনা শিখিগত্রা ?

ইরা ঃ হিংবসি শিদ্রিফাওবগী তৌদবা য়াদ্রবা ইথৌনি।

চৌকি ঃ চুম্মী, ঐগী তলব চামা, মীনা লিশিং লক্ষা।
মসিবু ঈশ্বরনা শেমলকপা নত্রনে ?

ইরা ঃ কনাগুম্বনা হায়বা য়াওব্রনে ?

চৌকি ঃ মীনস্থ হায়নৈ, ঐনস্থ থাজে।

ইরা ঃ থাজরুন্নু হায়জিল্লিবনি
মখোয়বু নমথবা পাম্বা, মীনাই পার্টি কাংলুপ্তগী
কাংবু 'মথক্লা নখোয়বু, শিজিন্ননিংতুনা হায়বনি।

চৌকি ঃ নত্তমাল্লেদা, ঈশ্বরনা শেম্লকপা ওইরমাল্লে।

ইরা ঃ ঈশ্বরনা মীগী লাইবক শেমদে।
মীনা মীগী লাইবক শেমই।

চৌকি ঃ করিগুম্বা ঐনা ঐগী ফমসি থাদোক্লবদি।

ইরা ঃ নঙনা থল্লি, হিংনবগীদমক্তা
হুইগুম্না মপুগী মখোঙ লেক্তবা য়দে।

চৌকি ঃ মতু নত্ত্রবদি, কদাইদৈ ঐগী চানবা পিবিরক্কনি।

ইরা ঃ ঐনা হায়রি, হুইগী মতৌ তম্মুন্নু মীনা মীগী মখোঙ লেক্লদে হিংনবগীদমক্তা লমহুইগুম্না শিংউ! অচৌবা জিবনা ফারকপা শাতু নঙনা চানবা হোংনবদি য়াদ্রা? হোংনৈ হোংনৈ, হোংনদ্রবদি।

চৌকি ঃ হোংনদ্রবদি, নহাক্কী পাপতু কনানস্থ কোকপিরোই।

ইরা ঃ পাপ! শোয়দনা নহাক, নহাক্কী ভুটনা হাংখ্রগনি। মরমদি নহাক, পাপ লৈরম্বা মীশক্নি।

চৌকি ঃ নত্তে।

ইরা ঃ করম্না?

চৌকি ঃ নত্তে! নত্তে, ঐহাক পাপ লৈরবা মীশক নত্তে, ঐঙোন্দা পাপ লংশিনফম থোক্তে।

ইরা ঃ করিগী পাপ নত্তনি নহাক্না নহাক্কী নরিংজেলতু ফাজিন্দুনা শেন খরদা মিকাননন্দুনা থম্মী 'তুবু নমিতুনা, নঙগী থরাইনদি য়ানিংদে।

চৌকি ঃ মান্নি, য়ানিংদ্রবস্থ য়ানিংদনা।

ইরা ঃ নংনা নরিংজেল ফুদোক্তুনা ফাজিন্দুনা থম্মীবদো নহাক পাপ লৈরবা মীশক্নি, পৃথ্বী মাংহন্নবনি। নপং পংবদগী নঙগী নথক্তা অশিংবা কাংবুনা দোলাই তোংবনি, নঙনা দোলাইরেং ওইবনি। পংগন্নু শিংউ। নহাকস্থ দোলাই তোংনিংদ্রা?

[থোকখিবা]

চৌকিদার : পংগন্নু শিংউ ! নহাকস্থু দোলাই তোংনিংদ্রা ?
হা-হ,......ঐনা খল্লুই; ঐগী মীনাইগী থবকসি
নহালমুক তৌরকপা পাপকী, প্রাইচিং মখল অমনি
'তুবু পূন্য ফংনবা পাপকী প্রাইচিং নংলমদ্রে
পাপ মখোঙ শোম্নবা মীগী মীখোঙ লেক্লমল্লে।

ইরা : [এহ্ ।  ২ ফারগদ্রা ?
মতু মীনাই খুদিংমক্কী নাকোংদা য়েহল্লু;
নখোয় পাপ নত্তে পূন্য তৌনবা থারকপনি।

চৌকি : খংজরে ঐহাক শিংলে [মতোমতা]
পংলরোই 'মুক প থহল্লরোই, পংথহল্লরোই
ওইরমদ্রে পোকপদগী পিথোরকপা মীনাই।
[খনবা] অশোনবা, অপাম্বা, অকিবগী শিংলি কয়ানা ঐহাকপু পাপকী মশক ওইরবা, থবক্তা চিংথরুবা 'সিদি নহাক্না ঐবু ঙসিদি অনৌবা মীকপ থোকহল্লে। ঐহাক থাঙ ফেংলগনি, ঐগী পংথরবা শিংলিশিংদা অনৌবা থৌনা পিনবা। [চংখিবা]

ইরা : [থোরকপা] কৈদৌঙৈ ঐগী ৱাথলসিনা 'মুক্তং মাই পাক্কুনা মীনাই জাতি কাংলুপ্তা মীনাই থম্বগী থবকসি, থাদোক্কুনা ঐখোয় মশেল 'মগা 'মগা মান্নবা থাক্তা লৈবা ফংলক্কদগে ? মীনাই, পোকপদৈ লোয়নরকপা পাপ নত্তে। মীচং শোনবা মরিংজেন পান্দবৈ অতোপ্পা অর্থনি।

ইন্না : [কৃস্নদা য়েংলদুনা] হি কনানো তুন্নিবসিদি ?
হৌদোকসিরা ! স্নম তুমজহৌরসন্নু
ঙাইখো, 'তুদ মাগী করিগুম্বা মচা মগুনা থিরম্বা থোক্লবদি
[মানা মানা থোকপা] কান্নদে ঐ চৎলে। (:থাকখিবা)
কৈদোৌঙৈ, মীওইবা জাতিদা খেন্নবা হায়বা রাফমসি 'মুক্তং
লৌথোক্ত্‌না ঐখোয় মশেন মান্নবা সমাজ অমদা 'মুক্তং
পুরকপা ঙমগদগে ?
মীয়ামগী খোঞ্জেন্দ [কৈদোৌঙৈ, কৈদোৌঙৈ ঐ.খায় ময়াম ।।
ঐখোয় ময়াম, হোৎনবসে । হোৎনবসে ।।]

কৃস্নু : [উইকুবদগী মীকপ থোক্ত্‌না]
[নুংঙাইতনা] ঐগী নাক্তা। নুপাদুনা [তপ্পা চংশিল্লকই]
করিগুম্বা খরা নুংশি চিরোলগী মতৌগুম
নত্তে, নত্তে, কান্নদ্রবনি, কান্নদ্রবনি
হল্লক্লরোইদবা পুন্সিনি, 'মুক হল্লক্লরোইদবা;
ঐহাক লুখ্রাবী, ঐগী ইপুরোইবা লৈত্রবী
চো ! চো : হৌথিবা মতমদো লাইম নুংশিদকো।

(**Flash back – Spot light** অমনা নুপাগী মমাইদা কাপ্পী অত্থুগা নুপীগী মমাইদা অমুক কাপ্পল্লগা পুমঙান ঙাস্থোরকই)।

নুপা : [য়াম্না চীংলেম্না] পৃথিবীদা ঐনা হিংলিঙৈদা, থ্বাইদগী ঙকখিবা হায়ববু, অমথক্তংনি; নহা ওইরিঙৈগী অপাম্বা ফাওরকপা তাঞ্জাসিনি। ঐখোয়না খল্লুদে, নুংশিং মপীগুম

মুংশিত্তা ৱাক্‌য়ৈ হিগুম, পুন্সিগী ঈচেন্দা নোংমা।

[য়াম্না তপ্না মরু লুকথনা লৈথোকখি]

কুসু: [য় ম্না কেনা, নহা ওইরিঙৈ, লৈশাবী মপুং ফারকপগী থ্বাইদগী ফজবা ইকাইবা ফাওরিঙৈগী মতমন্নি]।

[সুন য়েংথোকখিবদা লম্পাক ময়াদা হৌবা লৈরাং অমদা খোইমুনা তোংলম্বদগী পাইথোকখিবা উবা ঈকাইনা নোকমি নোকনি তৌরদুনা। ঐগী ইচে, মতম অমদা লৈনিন্নরম্মী ঐ কপখি ঈচেনা য়ুম পানখিবদা ইনানা হায়, "কপকনু স সারগী চংনবীনি"। পাবুংনা হায় – নমাগী পোকফমদি অতোপ্পা লমদগীনি। ইমানা হায়— "লৈশাবী ফাজিল্লক্লে" হয়েংদা ঙাইরে চংখিগদবা, লুনা চান্না থম্বীয়ু মুপী ওইবী হায়বীসিদি অয়ুক্কী লৈরাংগী মতৌগুম ময়ুম পানবৈ মুংশা লাংলবদি খুইথখিনি।

মুপা: ঐনা ঐগী পুন্সিদা, অঙকপা, অফবা, মুংঙাইবা করিনো কদাইদনো? তত্তনা থম্মোইদা হংখি ঐহাক অফবা মীওইবা, মীথোয় মীহেনবরু কল্লকখি মতু ঐহাক ওইবা ফংলরোই, মসিনি থনখিবা।

কুসু: নোংমা, য়ুম পাল্লবী, ইমান্নবীগী ময়ুম চংলুবদা
অপংবী! নঙনা ৱারীবা কোঙ্গাইদা
নচা লৈরবদি, নোংমতা ওইররসু নোকদবা
ইচা সনানি চোংথোক্কে—"তিং-তিং চাওরো।"

মুপা ঃ পুন্সিসিদি চাউরগা, কোমগদ্রা হায়ববু
লিল মমৈনা ফাজিল্লকপগুম্ ক্রক-ক্রক লাকশিল্লকই ।

কুসু ঃ নোংমা সোরোক্তা ঐ ংথম্ভা চৎলিঙৈদা
কনানো অমনা হায়রকখি "য়াম্না নু-শিকো ।"

মুপা ঃ য়েঙেঙাই [কুসুদা ওনশিল্লগা ব' ঙাংদা]
ঐগী পুন্সি 'সিদা, নঙবু থেংনৈদগী
করিনো'ম তত্তনা খাল্লনে, থম্মোইন্নুংদা
থাজদ্রা ? অশেংবনি থাজো ।

কুসু ঃ থংদে ঐসু 'দুবু, ঐসু
করিনোম খল্লি নঙবু উরগা, থম্মোইদা
মসি করি ওইরমগদবা ! [শোর মপী শাংনা হানবা]

মুপা ঃ নত্তে, ঐখোয়'নি নু শিনরবা নত্রা ?

কুসু ঃ মরমদি

মুপা ঃ নঙগী থম্মোইদা

কুসু ঃ ময়ামদগী থোইদোক হেন্দোকপা নঙগী ব্রাখল,
মতম চুপ্পা, অহিং-নুংথিল. উন্নরবসু উন্নদ্রবসু

মুপা ঃ ঐসু

কুসু ঃ করিনো ঐঙোন্দা ফাওরিবনা ?

মুপা ঃ ঐনা ঐগী ইশাবু কাওথোকউই
নঙগীদমক্তা, পুন্সিগী শাংলবা খোংচৎকীদমক্তা ।

কুসু ঃ ঐসু নঙগীদমক্তা………… ।

পা: হোয়, ঐহাক থাজৈ
মসি ঐখোয় অনিতগী ওইরমগনি ।

স্থ: 'সুম তৌনা মী কয়াসু
মসিগী থম্মোইগী ঈথিলসি নহা ওইরিঙৈদ
থিংজমদবা ঈচেল অমগুম তত্তনা ফাওরকখি ।

পা: নহাকসু ঐবু নুংশি নত্রা ?

স্থ: মানি, ঐবুসু নঙনা নুংশি নত্রা ?

পা: (Aside) মতমদু য়োৗরক্লবদা
রাথলসে 'সুকী মাতক পিকশিনখে ॥
ঐনা হংখি নহাক অতোপ্পগী ওইখিবা য়াদে।

স্থ: মদুগী অর্থদি ?

পা: নুংশিরম্লবা মতুংদা,
ঐগী অশোনবা পূক্নিংনা 'সুকী মতিক থম্বল্লী।
ঐহাকসে নঙগী, নঙসে ঐহাক্কী।

স্থ: ঐসু 'দুগুম্না খল্লি কনাগুম্বগী ওইহন্নিংদে,
'দুগী মথক্তা ঐখোয় নুপী ওইবা হায়বসি থম্বলগা চাউজবনে
কৈরোই লৈকাই মমাংদা, কল্লক মাংদা লেম্নজনিংই
নুংশি নাক্তা রাইথুংবা পীনোৗগবা হায়দুনা
খোয়য়ুম মাগী মকাদা তত্তনা নিজবগী মহয়না
নঙনা ঐবু, ইকাইজৈ। [লুকথখিবা]

মুপাঃ অপাম মীহৌ কয়া, নুংশি খম্বল কয়া
খম্বল মীহৌ কোক্লনি, নুজা নঙবু কংজরবদি
কুসুঃ নুংশি ঈপাক লাল্লসি
পাখং হৈনা নতুং ইম, অপাম কাদা য়ৌরসি
মুপাঃ [ওনশিল্লক্কুনা] তাও নুপী ।
ঐহাক করিগুম্বা খরা হায়নিংই
কুসুঃ হায়য়ু মুপা ।
মুপাঃ পৃথ্বীদা, অঙাং ওইবিডৈদা ঐ ।
অফা-অপুন হায়বদু লৈরমদে ।
কুসুঃ ঐস্তুনি অহাংবা অতিয়াদা পাইবা চেক্লাগুম্বনি।
মুপাঃ 'ত্বুবু ঙসিদি পূয়মক মাঙখে,
কুসুঃ হংনিংতুনা লৈরম্লিবনি, কনাগুম্বদা
ঐগী থম্মোইগা হাইফেং মাম্নবা মীওইদ !
মাল্লা নহাক, ঐগী থম্মোইবু খংবা ?
মুপাঃ ওইরম্বা য়াই !
কুসুঃ করম্না ?
মুপাঃ করিগুম্বা নহাক্না থাজরবদি ।
কুসুঃ 'ত্বদি হায়রো নঙগী আশা !
মুপাঃ য়েংউ ! 'তিয়াদা মনিং তম্না পাইরম্বা লৈচিলসে
চুরমদাইগী অমংবা নোংগুম মঙম শাল্লে।
ঐঙোন্দা পুল্লে, নঙগী নুংশিবনা

কৃস্নু : মেংলবা থাজগী মঙাল, থৎখি অমুবা লৈচিননা
মকুম মথা ওইদুনা নোংজু থাদি চংলক্লবা
মসি মহৌশাগী খুৎশেমনি।

সুপা : মাল্লি, মহৌশাগী খুৎশেমনি।

কৃস্নু : মাল্লি, মহৌশাগী খুৎশেমনি,
ঐস্নু থাজে, মসিদৈ নাম্থোকনদে মীওইবা
লম্বী সিদা খুনাম মাদুনা চংখনি

সুপা : মতম্না পুরক্লে ঐখোয়দা !

কৃস্নু : করি ?

সুপা : ঐখোয়'নিগী খুদোলপোৎ

কৃস্নু : [ইকাইনা]
ঈশ্বরনা ঐখোয়গীদমক তশেংনা পিবিরক্লে।

সুপা : নাওশুমদা মীওইবা জাতি
ঐ, নঙ, মখোয় মীয়াম পূম্নমক নাওশুমদা।

কৃস্নু : [ইকাইনা] পূম্নমক কাওথোকখিদুনা ঐদি

সুপা : হায়য়ুনে, করিনো ?

কৃস্নু : করিনো'মা নিংশিংলক্লে।

সুপা : করিনো হায়য়ু 'দুবু!

কৃস্নু : নিংশিংউ ! ঐখোয়স্নু মখোয়গুম্না
ইমাগী নঙ্গলদা, নাওশুমদা মতম্বাক্ত
পূম্নমক'সি ঙসিদি নৌহোনা নিংশিংলক্লে।

সুপা : কৈদোউঙৈ 'পুন্না !

কুসু : শকফমশিনা 'মুক মাংখ্রগা তাইবংনৈ

সুপা : মতম অমদা

নঙগা ঐগা করিগুম্বা, 'মুক থেংনবা, উনবদা

কুসু : মরমদি

সুপা : করম্না ঐখোয়'নিবু অমুক খঙনখিনি

কুসু : থম্মোই লৈরি।

করম্বা হকচাং পোশা ন', থরাই য়াওদনা

হিংঙম্বগে, মতম খব নবি সি, তংলে হায়না খল্লবস্

'নি'সি তওনা থানবা য়াদ্রবান জগংসিদা।

সুপা : 'ত্নগী মতৌগুম ঐখোয়স্

তৎম থানরোই 'সিদা ? ওইরিান !

কুসু : 'তু ওইরবদি নিংশিংলব্রা ?

সুপা : করিনো ?

কুসু : মতম অদো ।

পুন্সিগী বসন্ত লোইশিল্লক্লতুনা

থুইথরক্লতুনা, নুংশা লাংলবা লৈরাংগী

মতৌগুম ঐ অমস্, নঙ; মতমগী মতুং ইন্না।

সুপা : ও! অরাবনি

হৌখিবা পুন্সিগী নুংঙাইবা ইতিহাস

য়েংলুরগা, তুংদা লাক্কদৌরিবা,

া: চমন্নরিবা রাখল ময়ামসিনা
কৈদোঁইঙেদা 'মুক্তং 'তুগুম্বা পুন্সিদো……।

সু: মান্নি, মতুগী রাফমতু কাওঙমলোই।

া: য়েংউ ! কয়াদা নি থিজখ্রবা পুর্ণিমাগী থাজসে
তপ্প তপ্প হায়থখি, নোংচুপকী চৌংয়া তন্না

সু: লাও ! য়েংহৌরোলাও !
তপ্পা খুমজিনখ্রবা থাজগী, মঙালবু উবা ফংদ্রবদা আশাগী
মপান্না হিংজবগুম মমা-মপাগী মচাওইবনা লিংঙাই তৌরক্লবদা
করম্না মমা-মপানা নাওশুম ঈশৈ শক্নুনা মচাবু থেমদবা
য়াওবগে ?

া: মান্নি ! মান্নি ! খোঞ্জেলসি মান্নি
[মন্থুংদগী অঙাং কপ্পকপগী খোঞ্জেল]
কুস্থু অমস্থুং সুপাতু পুম্না
থা-থা থাবুংতোন
নচা মোরাম্বী পোবীগে

সু: মমা ওইবী কনাগী হাংলবা তম্পাক্ত কৈদোঁইঙে
মচা ওইবা শিংবু উজবা ফংগবা কৈদোঁইঙে
কৈদোঁইঙে—কৈদোঁইঙেনো ঐখোয়না ?

: সংসারদা পোক্লবদি মীওইবা,
পূক্নিংদা, হকচাংদা করিগুম্বা ঈখৌ লাংবা 'মথক্না তামরি
করিগুম্বা থরা, মতুনা কোক্লবা ঈখৌলাংবা, মতুনি থল্লিবা

মীওইবনা কৈদোঙৈনা 'মুক্তা ফংলক্কদবা।

ক্রস্নু: ফংদবা নত্তে ফংলম্মী

মুপা: 'হুদগীদি

ক্রস্নু: মহাক ঐগী মীৎয়েংদগী তামখিরম্মী।
মহুরু কৈদোঙৈনো 'মুক্তা ফংলক্কদবা।

মুপা: ফংলম্লবদি, কৈদোঙৈ 'মুক হল্লক্লরোই;
থাশি লোইখ্রগা 'মুক লাকখিনি পুর্ণিমা

ক্রস্নু: মহুদি মথংগী থা 'মদনি

মুপা: ঙাইবদা কল্লু

ক্রস্নু: য়েংঙ্দো, সংসারগী হৌনবী ইচা ফংজরবদা ঐহাক্তা, কয়াদা হরাওনা থম্মোইদৈ ঈশৈ 'সি শকখিবনো খংলম্মী মুপা নঙস্নু
[ঈশৈ মুংশিবা অমা ঙংঙী]

মুপা: হরাওরম্মী, নহাক হরাওরিনিনে

ক্রস্নু: [নোক্লহুনা] হরাওই !

মুপা: মহু খংজিল্লু হায়গে মুংঙাইবগী ঙমথৈ লোইশিল্লক্লবদা, লৈরমগনি লাওনা হাংদোক্কুনা অরাবগী স্নথোং

ক্রস্নু: নত্তে ! নত্তে !! নত্তে !! মহু ওইথোকহন্নু, ওইথোকহল্লোইদবনি

মুপা: হৌরগদবনি নহাক, থোঙফম 'মা থাংজিনবা। অরাবগী থোঙজিন্দা, খুদাং পিফম তৈরহুনা, য়েংউ ! নঙগী নমাই 'হু য়েংউ !

ক্রস্নু: [ইপা পাখৎনা]

করি তৌরে হা। [মমাইদা মাতুনা য়েংবা]

নুপা: চোঃ চোঃ মুংশিদকো আঃ কদাইদা চৎখে, নঙগী ফজবৈ নাপল পূম্নমক কদাইদা মাংখে, লৈরাং! নঙগী শাংকাইরকপৈ ফজব পূম্নমক মাংখে! পূম্নমক খুইথখে, শুপ্নগী মমিতা ভাইহৌরে, মমিতা ভাইহৌরে মীরোল কয়াদা, চারোল শুরোল কয়াদা নিংশিংননবা য়েকশিনহৌরে, থম্মোই লৈকাদা য়েকশিনহৌরে অঙৌবা চেবাংদা, স্নাগী কালি ময়েক্লা, ময়েক লানা লানা।

কুস্থু: নত্তে নুপা, করিনো নঙগী চোরোল।

নুপা: চোরোল নত্তে, নহাক অহল ওইরবীনি, খুইথরবনি নঙগী মাইথোং, ফজবা, কল্লকপা মীহৌবা পূম্নমক মরাক চম্লবনি।

কুস্থু: ঐহাক অহল ওইশিল্লক্লবা!

নুপা: 'তুবু নহাক, হিংনিংভি, হিংনিংভি, শিনিংদ্রি, শিনিংদ্রি কৈ-দৌঙৈ 'মুক্তুং ফজরকখিগদগে হায়তুনা। লৈহৌখো নহাক, চৎলগে ঐহাক!

কুস্থু: [খাম্বগী মওংদা] চংখিনু নুপা! চৎখিনু নুপা ঐহাক লুখ্রা ওইহৌরবনি, ওইহৌরনি লূখ্রাবী।

নুপা: ঐনা মফমসিদা লৈত্রিংঙদ চহি কয়াগী মমাংদ, ঐগী লৈফম 'মা লৈরম্মী হনখ্রগনি ঐহাক মতুদা, ভসিদি চংখ্রগনি।

কুস্থু: মফম 'তুদ ঐস্থু লাক্লগে

নুপা: মতু পাক চংবা য়াদে পৃথীদা নহাক্লা হিংবগী, মহয় ওইনা পিরক্কনি।

কুসু: ও ! অরাবনি ! পুন্সিগী অরোইবা মতাংদদি, পূন্নমক মরুপ নত্তে য়েক্লবা ওইরকই। কান্নদে, ইতোমতা ঙাইহৌরবনি।

[লুকথখিবা]

ঐবুসু মফমত্তুদা 'মুক্ত য়োবা ফংলক্লবদি চৎখিবা পূন্নমক মসিদৈ, করি তৌরি খংগনিসে।

সুপা: লৈতে মফম'সিদা অশেংবা ইতিহাস পুথোক্লবা গুপ্নগী কুয়োম-তনা কুপশিনবা, নৈননবা ইতিহাসনি সুঙ অমসুং পানগী ৱারী তুন খংলবা মীওইবা খুদিংমক মফমত্তুদ, চংকনি নোংমদি শোয়দনা লাকউ নঙসু নোংম, ঙাইরমগে ঐসু মফমত্তুদ ঐ চংলে ৱারোম্নু। [তপ্না শকফম অত্তু মাংখি]

কুসু: কৈদোঙৈ ! কৈদোঙৈনো ঐনা মফম'ত্তুদ য়োরক্কদবা, খংননবা ইতিহাস সুঙ অমসুং পানগী অশেংবা মীওইবৈ ৱারী; কদাইদ মাগী লৈফম, কৈদোঙৈ ঐনা মফমত্তুদা।

সুপা: [মনুংদগী, নোংথক্কুগী লাওরকপগী মওংদা] অৱাংপা লৈরি-মখৈ মীওইবনা [হকচাংদা] ফংনিংবা লৈরিমখৈ খৱাইদা [পূক্লিংদা] কল্লক মীহৌ অপাম্বা, পেন্দবা লৈরিমখৈ ঐখোয়ন মফমসিদা হল্লকখিনি কয়ারক, লৈখিনি 'সুম্মক হন্না হন্না 'ত্তুগা মফম'ত্তুদা চৎপা য়াগনি নহাক্না। পৃথ্বীদা লৈরিবা পোৎ খুদিংদ, নঙগী অপাম্বত্তু লৈত্রবদা পূন্নমক পেল্লবা নঙগী খৱাই হকচাংনা করিগুম্বা।

কুসু: ঙাইখো 'মুক্ত ঙাইখো ঐসু ইল্লক্লগে, নত্তুং ইল্লক্লগে॥

মুপা ঃ ঙাইখো, ঐনা হায়রিবসি তাখো।
নঙগী থৱাই হকচাংনা, মীহৌবা লৈত্রবা করিস্নু

কুস্নু ঃ 'তুদি ঐহাক শুন্য তারগদ্রা ?

মুপা ঃ মানি, পূক্লিং, হকচাং, থৱাইদ, থমগনি নঙগী শুন্ত, অহাংবগুম
করিস্নু খন্দনা মতম'ছু য়োৱরক্রবদি,কান্নরোই নহাক তিংনিংবে।

কুস্নু ঃ ঐহাক ! ঐহাক ! ইতোমতনি ঙাইবংদা
[মরু লুকথখিবা] ! মুংশিগদবস্নু ইতোমতনি।
ইচা কান্নদে, ইমা কান্নদে, ইপুৱোইবা কান্নদে ঙসিগী সমাজদা
ইকাই খুম্নবা উংলিবা শেননস্নু থম্মোইদা য়ুবা লাইনা 'মত্তা
লায়েংবা ঙমখিদ্রি। শেন্নদি মুংঙাইবা পীবদি, মপাম্থোংগী
হকচাংদদনি নত্তে থম্মোইমুংদা, নত্তে ঐঙোন্দা, নত্তে পৃথ্বীদা।

ইরা ঃ [চংলকপা] মফম কয়াদা পৃথ্বীগী থম্মোই কয়াদা মীওইবে
থেম্নবা কয়া লৈরম্মী ঐহাক মতু থংলুদে 'তুবু হজিক্তি থংলে,
উরু-তারুবদগী পূম্নমক।

চৌকিদার ঃ [মথক্তগী লাওরকপা] কনানো লাংলিবা অহিংসিদা ?
মকু শেকপীগী মতৌগুম, অহিংদা লাংলিবা কনানো ?

ইরা ঃ তুমিন লৈয়ু, কনানো চাংলিবা পৃথ্বী পূম্নমক্তা তুম্নথ্রবদা,
নতোমতা নঙনা কৌজেং খোংবগুম খোংলক্লিবা। মমা
পোক্তবীনা হাংখিবা, হন্নি নোংনাংগুম পেন্দবা ফোংলিত্রা ?

চৌকি ঃ নঙনা ঙাংবদি য়ারগা,
ঐনা খুৎদি করিগী য়ারোই।

ইরা : য়াফম থোক্কে ।

চৌকি : মরমদি ?

ইরা : খো‌ংভিবনি ঐদি
পৃথীবু নাওশুমদা নি থিনা য়াতানবা । কোকিলগী খোঞ্জেলবু মীওইবৈ থম্মোই হুনবা নঙদি লা গম্মু তানিংদে, পকচদে ।

চৌকি : নহাক্না ঐবু 'ভুন্না হায়রবা ?

ইরা : মানি, হায়গদবনি, নঙদি মকুনি
পৃথীদা লৈরিবা মীওইবন, নঙবু উঙগা চেম্থোক্লে ও-মঙ্গলগী মশক্তি, কনানস্থ নঙবু য়ে নি দে ভুমিন লৈযু, ঙা লক্কনু ।

চৌকি : মুমিদাংদ উনবা মিৎসি লৌথোক্লগা অয়ুক নু থিন্দা উনবা মিৎ অমা হাপ্পুনা কোইপাই পাইবগে পৃথীদা ।

ইরা : কৈদোদৌরিবা মহুনা ?

চৌকি : মহুনা জাতি খুদিংদা উইল্লগা মীওইবা জাতি হায়বসি, ভুন্না মাংহনখ্রগে ?

ইরা : কৈদৌঙৈ মহু তৌরগদবা ? করি, মীওইবা জাতিবু মাংহনবা । অং ! মাংহনগদবনি মীওইবা জাতি ।

চৌকি : ঐবু নঙনা তাহল্লবা, নোংমা উচেক্নুম ওমঙ্গল পিনবা, তাইবং জীব খুদিংমক !

ইরা : মানি, মহুনি নঙ !

চৌকি : [থোরকপা] য়ে উ ঐবু মহুন্না হায়রুনা?

ইরা : ও! নহাক মীওইবনি হায়রবা ?

কিঃ অং মানি

া ঃ করম্না নঙবু মীওইবা ?

াকিঃ ঐবু নত্তে হায়রবদি

মহাক অসিরা মীওইবা, মুপিসিরা ?

ভু' অসিদা অরাবা পোথারিবা অহলসিরা !

ঃ কৈদোঁউ নহাক্না থাজে, নঙগী থম্মোইদা

নহাক মী অমনি হায়বসি ?

কিঃ মতুবু হংননবা রাহংলা ?

ঃ কৈদোঁউ, নহাক মী ওইখ্রবনি ।

কিঃ নত্রবদি ঐহাক জীব অমর স্বর হোল্লিবা !

া ঃ ওইরম্বা য়াই ।

ঃ [যাম্না তপ্না মুংঙাইতনা] মীওইবা হায়বা রাকমসি

পাদোল্লগা ঐনা কৈদোঁউ মফম'তুদ চৎকনি

া ঃ তারত্রা নহাক, মানা হায়রিবসে

কি ঃ অং তারে !

া ঃ করি হায়রিবনো ?

মীওইবা হায়বা রাকমসি হায়তুনা হায়রিবা ?

ঃ ঐহাক থল্লুই, মতম অমদা······ ।

ঃ ঙাইথো রা অমা ।

কি ঃ তুমিন লৈয়ু, মুম্না তাসি । [থাম্নতুনা]

কুসু : মতম অমদা ঐনা খল্লুই
ঐহাক পৃথ্বী হায়বা গ্রহ অসিদা
হিংদুনা লৈরিঙৈ মতমসিদ, ঐহাক্না খনখি
ঐহাক মখোয়গীদমক্ত হিংলকপনি 'দুবু!......

চৌকি : করি হায়বা ?
মখোয়গীদমক্ত হিংলকপনি হায়বা

ইরা : অং মানি, মখোয়গীদমক্ত হিংলকপনি
তুমিন লৈয়ু তাসি, মখা তাথরকখিনি।

কুসু : ঐহাক্না গ্রহ 'সিদা হিংলিবসি
ইচাগী, ইমাগী ইপুরোইবগী, শাগৈ নাতৈ
নংলমদ্রে। শুগাগী ইথন্তগী দমক্ত ওইরম্লে
হিংলিবসি মোংফমদা পোথানবা ওইরম্লে
চংলে ঐ ! ঐ চংলগনি।

[তপ্না পোংয়োমদুনা থোকখিবা]

লাইট ওফ

**ইন্টরভেল**

# অনিঙ্গুবা তাংকক

নুমিদাং

নাকেন্থা মতম ওইবনা নাবন্দা হৌরিবা উ-বা পুম্নমক ঙম্না অশিবা মীগী মতৌগুম তুমিন-তুমিন্না, মরক অসিদা অইংবা মুংশিং, লায়ননা মন্থরক্লবা কৈথেলশং, মোৎলবা বাল, ফক্লাংদা হিংচাবী মকোক পানবা মীওইবা, ভুট তম্নরাই অকিবগী শকফম; মরক অসিদ খাশিরমদাইগী নিংথিজরবা থাবল মঙাল ।

চৌকি ঃ [মতোমতা চৌকি অমা পুথোরক্কুনা থাজরগা তপ্না ফমথবা
নাকন্দ য়াল্লিবা থাঙশাংদু শতোক্লগা লাওরকপা]
নিংথৌ ওইরে ঐহাক, নিংথৌরেলনি পৃথ্বীসিদা ঐহাক নিংথৌ ওইরে । কনানো ঐবু নমথবীনবা, কনানো খুদুম চল্লগা পৃথ্বীগী জাতি খুদিংমক্না, ইকাই খুম্নরবী ঐবু নিংথৌনি, নিংথৌরেলনি, ঐতনি পৃথ্বীদা ।

ইরা ঃ [চংলকপা] অদোমগী বাফমদু চুম্বীরব্রা ?

চৌকি ঃ অহোয়, চুম্নবদি
ঐহাক নিংথৌরেলনি, ইকাই খুম্নৌ ঐবু।

ইরা ঃ নিংথৌরেল,
ইকাই খুম্নজরি ঐহাক, মঙ্গল ওইবিয়ু।
কোক নোঙ্গরি ঐনা, 'দোম্বু উবদা।

ঐহাক করিগুম্বা 'মত্তং হংজগে, স্না য়াথং।

চৌকি : হংফম থোকই, করিনো হায়য়ু?

ইরা : 'দোম্না কৈদোঔঙ নিংথৌ ওইরিবগে ?

চৌকি : ঙসিদগী ?

ইরা : 'ত্থুগা কৈদোঔঙ লোইশিনবিগদৌরি ?

চৌকি : থৌনা 'সিনা মনি শামখ্রগা

ইরা : 'ত্থুদি 'দোম্বু কৌজরগে, থৌনাগী নিংথৌরেল।

করম্বা মতমগী, করম্বা যুগক্কী নিংথৌনো ?

ঙসি [সিংহাসন্দা] তাংবল লাংবিরিব্রা ?

মীওইবা জাতিগী, মীওইবৈ রাখলগী।

চৌকি : থোয়না হংলক্কনু।

ইরা : মরমদি ?

চৌকি : নঙগী কান্নবা লৈব্রা খংলগা।

ইরা : কান্নবা লৈ হায়রবদি।

চৌকি : 'ত্থু ওইরবদি তারো

মুমিদাং খুদিংগী নিংথৌরেলনি, পৃথ্বীদা, জগংসিদ

মীওইবা জাতিগী অশোনবা পুক্লিংদা;

নিংহন্নত্থুনা হন্দুনা পোক্লিবা রাখন্দা

ঐহাক্না তত্তনা লান্দে, মথৌ শংনবা মীওইববু !

ইরা : পেঞ্জরে নয়াথং ফংজবদা।

অদোমগী, অদোমগী লৈবাক, থৌগন লাংগন জাতি খংজবা

য়াগদ্রা নিংথৌরেল।

চৌকি : মতুমক নঙনা থৌরাংনা হংলকপৈ অর্থ।

ইরা : নিংথৌরেলগী সন-মান ইজৎ হেনগৎনবগীদমক্ত

চৌকি : তারো নিপা!

ইরা : তাকপিগনি স্না-য়াথং!

চৌকি : অহানবদা, ঐখোয়না লৈরিবা গ্রহসি থংখো!

ইরা : করম্না গ্রহদা 'দোম্না ঙাম্নোইবিরী?

চৌকি : হিংবা অমসুং শিবগী মরক্তা লৈরিঞ্রা,

মীওইবা হায়বা গ্রহ 'সিদনি ঐনা হিংলিবা?

ইরা : অদোমগী লৈবাক্তি, ভজিকমক লৈরিব্রা?

চৌকি : লৈরি!

ইরা : কদাইদা করম্না লৈবাক্তা, মমিংনা করি হায়রিবগে!

চৌকি : নিংবা কায়রবা কৌই, ঐগী লৈবাক্তি মীওইবৈ গ্রহসিদা।

লৈবাক্তুগী নিংথৌরেলনি ঐ!

ইরা : 'দোম্না পানবিরিবা লৈবাক,

হিংবিরিবা গ্রহ, থজবদা থোয়না নুংঙাইজে

'তুগা লোয়ননা নিংথৌরেলবুসু ইকাই খুম্নজরি।

চৌকি : ঐহাকপু ইকাই খুম্নদবা,

তাইবং কনা লৈত্রবনি, হায়য়ু করি থংনিংলি?

ইরা : মথা তাবদা হায়জরি,

অদোমগী লাম্নীগী মরমদা, জয় তৌথ্রবা লৈবাকশিং!

চৌকি : তাও, মুম্না তাও,
করম তৌনা ঐনা পাক চাউরবা গ্রহসিগী
নিংথৌরেল ওইহনা পাল্লক্লিবা তাংবলসিদা ঙাম্থোইরিবা ?

ইরা : পূম্নমক মরিক চুম্না হায়বিগনি
সন-মান উংচরি নিংথৌরেল, মখা তাবিরসি।

চৌকি : ঐদি, ঐগী লাম্মী হায়ববু
নাকেস্থা চংলক্লবা মতমদা, উনা-রানা
য়াওদ্রবা পাম্বী ময়াম্না লেপ্লিবা ভুটকী
মতৌগুম মতমচুপ্পদা মরু ফুক্লবা
পমেনগুম, নিংবা কায়রবা উপালসিং
ঈশিং ঈচেল কংলবা নৈক্রক চংলবা তুরেলশিং
ঈখৌ লাংবনা শিরবা, শরু পোলাং মপৈশিং।

ইরা : ঙাইখো নিংথৌরেল
হুজিক ফাও'দ তারিবা নঙগী লাম্মী তেঙ্গোলশি প্রকৃতি:
খোঙচৎ খোংলোইদৈ নিংবা কায়র'ঙাক্তনি নত্র। ? মতু
করম জয় তৌরিবা ?

চৌকি : 'তুদস্তু নত্তে
সমাজদা নিংবা কায়রবা, প্রকৃতিগী ফজবা
য়াওদ্রবা শরু পোলাং; ভুট, মরু ফুক্লবা উপাল,
কংলবা ঈচেল, খৌগংনরবা ঙাক্তনা ওইরি
ঐগী লাম্মী, গ্রহসিবু জয় তৌনবা।

ইরা : মানি, ওইরমগনি অচুম্বা; করম্না মখোয়না লাম্থংনরিবা; তাকপিয়ু নিংথৌরেল মতুংগী মওং থংজগে ঐহাক ।

চৌকি : শিবা কিদবা হায়বা লায়নাসি করম্বা জাত্তা চংই হায়বা থংবগে ?

ইরা : শিবা কিদবা হায়বা
কনাসু লৈতে, শিবা কিবা ঙাক্তনি

চৌকি : নত্তে, মতু নত্তে

ইরা : করম্না ?

চৌকি : নিংবা কায়রবা মীদি, অয়াম্বনা শিবা কিদবনি থংজিল্লু শিবা কিদবা মী লৈবনি ।

ইরা : নিংবা কায়বা মীদি অয়াম্বনা শিবা কিদবনি

চৌকি : মান্নি, অচুম্বনি, 'তুগা ঐগী লাম্মীনা 'তুক থোনা ফতুনা জয় তৌতুনা গ্রহসিদা, নিংথৌরেল ওইতুনা পাল্লিবনি ।

ইরা : মুংঙাইজরে, 'দোমগী থোনা লৈবা, লানমীগী মতিক মগুন তাজরে, হুজিক্কি অমুক থংহনবিরো করম্না মখোয়না লাম্থংনৈ ?

চৌকি : ইতিহাসকী বারী পারুরগা ।

ইরা : করম্বা ইতিহাস, করম্বা গ্রহগী
কৈদোওঙৈগী, কৈদোওঙৈ ইতিহাস 'সি থোকখিবা

চৌকি : ঐখোয়না লৈরিবা পৃথ্বীসি
শোক কয়াদৈ লৈরম্মী, থংব্রা নহাক ।

ইরা : ঐহাক খংজদে।

চৌকি : নহাক খংদে।

ইরা : অহোয়, ঐহাক খ জদে

চৌকি : পৃথ্বীনা লৈরম্বদ, মীওইবা হায়বা ঐখোয়না তেক খংলকপা মতমদে, লৈরক্লবা ইতিহাসনি ইতিহাস হায়ববু— অহ বৈ ইতিহাসতি নত্তে শিখ্রবগী; মীওইবা ঐখোয়গী নুংও অনসু পানগী ইতিহাসসি খ লব্রা?

ইরা : মীওইবা ঐখোযগী নুংও অনসু পানগী ইতিহাস।

চৌকি : মানি, মহুগী ইতিহাসনি মহুদে ফ নকপা ঈপা-ঈপুনা থ নাগী মতিক মঙাল খরদং ফংবনা ওইহারবনি নিংথৌরেল

ইরা : থৌনাগী মতিক মঙাল খরদংনা নহাক্না ওইহারবা নিংথৌরেল, গ্রহ সিনা লৌওংবগী নমু দা] ক... ...হুনা ক... হুজিক্কি তাকপিরো, কবম্না লাক্তে ন ...

চৌকি : মুন্না তারো লিরগে।

ইরা : স্না-য়াথং।

চৌকি : পুন্সিগী অশোয়বা কয়াম।

"ইহল্লি মীওইববু নিংবা ক ..., যানি লব্রা

ইরা : অহোয়, য়াজনিংলি মথাদি

চৌকি : মুংঙাইবগী ওমথৈদা অরাবা লৈবগুম তরাবগী ওমথৈদা মুংঙাইব থোঙজিন উই। 'তুনা মরম ওইহনা নিংবা কায়রবা কয়াম। শিবা কিদবে থৌনা, মরিংতেলহু ফুদোক্তুনা নিংথৌ

ওইবা ঙম্লিবনি। ঙক্কম্নু মীনাই কয়ানা নিংথৌ ওইরকপদা।

রা : ঙকচদে, মত্নু ঐহাক ঙকচদে

কি : 'তুদি নহাক খংলব্রা? নিংথৌ ওইরিবা ঐহাক্কী মিং, ঐগী লৈবাক, ঐনা পাল্লিবা গ্রহ, ঐগী লাম্মী; করম্না লাম্ভেংনবা।

রা : খংজরনি।

কি : 'তুদি হায়যু 'মুক্ত তাসি, নিংথৌ ঐগী ইমিং, অতৈ অতৈ ?

রা : নিংথৌরেন্না তাকপিবা, স্না-য়াম মতুংইন্না, গ্রহ 'তুগী মমি না মীওইবা নিথৌনা পাল্লিবা লৈবাক্কা নিংবা কায়রবা লাম্মী শঙ্গু, শব্দ-পোলাং, মব্ধ ফুক্লবা কাবু, কংলবা ঈচেল, খোগ নরবা কাবু।

কি : হাযযু, মখা তাখো; করম্বা খুংশু-খুংলাইনা করম তৌনা লাম্ভে নবিবা ?

ইরা : মুঙ অমস্থ পানগী, অহিংবা ইতিহাসকী রাবী শিবা কিদবা ময়ানগী থৌনা হায়বা 'তুনা।

কি : 'তু নহাক খংলব্রা নিথৌরেল ঐগী ইনি, মীওইবৈ গ্রহদ পাল্লিবা।

রা : খংজরনি নিংথৌরেল।

কি : 'তুদি হায়রো ঐগী ইমিং করিনো ?

রা : [ইকাই খুম্নবগা লোয়নন।] নিংথৌরেলগী কোলোয়দি 'শিবা কিদবা' হায়রোইদ্রনে নিংথৌরেল ?

কি : মত্নুনা শাগৈগী মমিংনি; নত্তে মত্নু ঐগী ইমিং।

ইরা : 'হুদি কনানো ?

চৌকি : ঐগী ইমিংদি 'কিদবা' কৌই

ঈরা : 'কিদবা' হায়বদি

চৌকি : করিগুম্বা থবক 'মত্তুদা 'কিদবা' হায়বা 'হুনা নিংবা কায়রং
লৈবাক্কী মীওইবা হায়বা 'গ্রহগী' নিংথৌরেলনি কিদবা
কিদবনা নিংথৌনি।

ইরা : থংজরে, হুজিক্তি ঐহাকসু নিংথৌরেল ওইবা ঙম্লগনি; গ্র
'সি খুহুম চল্ল'নি । কৈদৌঙৈ মীওইবা খুদিংদা, নিংথৌরে
ওইনিংবৈ রাখলসি 'মুক্তং লাক্কনা, পুম্নমক নিংথৌ ওইগবা

চৌকি : 'হুদি ঐহাক হুজিক কুমথরক্লগে

ইরা : কদায়দগী ?

চৌকি : নিংথৌরেলগী তাংবন্দগী

ইরা : মরমদি ?

চৌকি : ঐগী ফমসে হাংহল্লগে

ইরা : কৈদৌনবা

চৌকি : নিংথৌ ওইবিনবা মী থোরকপ্রা য়েংসি

ইরা : য়েংসি, য়েংসি

চৌকি : 'হুদি লাওরসি

ইরা : লাওরসি [অনিমক্কী খোঞ্জেন্দ]

হোঃ কনা কনা হিংলিবগে, নিংথৌ ওইবিহৌররো লাকও !
নিংথৌরেলগী তাংবন হাংলে, হাংলে নিংথৌরেলগী তাংবন

ইরা : 'মত্তা থোরক্তে

চৌকি : লাওসি লেপ্পা লৈত্তনা

ঈরা : কৈদোঔফাও !

চৌকি : মীওইবা জাতিনা: হিংলিফাও, শিগ্রিফাও।

ইরা : 'তুদি লাওরসিদো

চৌকি : লাওরসি [অনিমক্কী পোক্লেন্দা] হো: কনা কন লৈবগে নিংথৌ ওইবিররো, নিংথৌ ওইবিররো; তাংবন হাংলে, গ্রহ 'সিদা নিংথৌ ওইবিররো, লৈবাকসিদা নিংথৌ ওইবিররো

ইরা : কনামত্তা থোরক্তে ! 

চৌকি : [অরাপ্পদা য়েংলগা] ও ! অমদি থোরক্লে, 'মুক্তা হংখিসি।

ইরা : কদাইদনোনে ?

চৌকি : [খুদোম্বী থিল্লহুনা] তু আদগী লাক্লিবসে [গেরুবা ফিজোল শেৎপা সন্ন্যাসী অমা য়াম্না চৌং লেম্না চংলকই]

ইরা : লেংশিনবিরকশি।

চৌকি : অদোমদা শিন্নজরগে তাংবলসি।

সন্ন্যাসী : ভাইখো, নখোয় কনা কনানো ?

ইরা : মহাক নিংথৌরেলনি; মীওইবা হায়বা গ্রহ'তুগী

সন্না : 'তুগী নওদি ?

ইরা : ঐমনা জাতি 'সিদা থেম্নবা থমনিংদবা, মান্নবা পামজবা শেং-দোকপদি, চুমথোকপদি ভমজদবা পংলাও লাওজবা মীতানি। 'তুবু ওসিদি লাক্লবনি ঐডোন্দসু থৌনা 'মা নিংথৌরেলগী;

মতুনা মীপুম খুদিদা মন্ত্র ওইনা কামগনি

সন্থা ঃ মতু কৈদৌঙৈ ঙমগনি।

ইরা ঃ মীওইবা খুদিংগী থম্মোইদা নি থৌরেল ওইনিংলক্লগা।

সন্থা ঃ নখোয়না খল্লি।

চৌকি ঃ তাকপিসি।

সন্থা ঃ গ্রহসিগী নিংথৌরেলনি নত্রা, নখোয়না খল্লিবতু? নি থৌরেল ওইদবনি মীপুম খুদিংমক 'সি

ইরা-চৌকি ঃ তাকপিসি।

সন্থা ঃ ঐহাক গ্রহ'মত্তগী নিংথৌরেল নত্তে
উপগ্রহ কয়াগী নিংথৌরেলনি।

ইরা ঃ কৈদৌঙৈদগী ওইবিরিবা!

সন্থা ঃ মতু হংলকখিন্নু।

চৌকি ঃ মতুগী মমাঙদা মসিনা হংখো? করম তৌনা গ্রহগী নিংথৌ-রেলদগী হেন্দোক্লা উপগ্রহ কয়াগী নিংথৌরেল ওইরিবা?

সন্থা ঃ মতু হংলকখিন্নু, মতুগী মমাংদা ৱাফম 'মত্তং তাখো, 'তুগা পুম্নমক য়ারো।

অনিমক ঃ য়াজনিংদে, য়াজনিংদে, কমদৌনা য়াগদৌরিবা?

সন্থা ঃ নঙনা পাল্লিবা মতনদি অহিংগী মতমদতনি হায়খিবদাই

ইরা ঃ হায়খি, মতুদি ঐস্নু তাহৌই

সন্থা ঃ ঐনা ওইরিবদি, অহিংতগী নত্তে
অয়ুক-মুংথিন্দম্নুনি পৃথ্বীনা লৈরিমথৈনি

।কি ঃ কৈদৌঙৈদগী করম্থা চহিদগী কৈদৌঙৈ লোইগদৌরিবা?

ষ্যা ঃ অহৌবা খংলোই, অরোইবা খংলোই ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈগী
রাফম লৈতে; মুমিৎকুম্বনি, পৃথ্বী লৈত্রিঙৈদৈ লৈরম্লবা।

ৈকি ঃ য়ানিংদে উপগ্রহ কয়াগী নিংথৌরেল !

ন্যা ঃ নত্রবদি করিনো?

ৌকি ঃ মরম পিয়ু, য়াজগে

ন্যা ঃ ঐহাক্না ঙসিস্থু তারি, গ্রহসিগী নিংথৌরেল, নঙগী নমিংদি
'কিদবা' মতম্না, অহিংগী মতমদত পানবা

রা ঃ মাম্নি, মতু মাগী রাঙাংনি।

ন্যা ঃ 'মস্থা অহিংনা নঙনা, মীওইবা থৌনাগীদমক
কিদবা হায়বা নিংথৌ, ওইনা পাল্লিবা নত্রদো ?

চৌকি ঃ মানি, ঐহাক নিংথৌরেলনি

নন্যা ঃ 'তুগা ঐগীদি তাও

ইরা ঃ তাকপিসি স্না-য়াথং

নন্য ঃ ঐদি মুংঙাইবা অরাবা, কিবা কিদবা থৌনা লৈবা লৈতবা, গুন
চেনবা চেন্দবা পূম্নমক্না য়ুম্ফম ওইবা হকচাংদা নিংথৌরেল
ওইরিবনি 'তুগীস্থু মথক্তা মুম্না তাও—

চৌকি ঃ করি 'মুক তাকপিগদবা?

সন্যা ঃ নঙনা পাল্লিবা মতমদি অহিংদতনি; ঐদি অয়ুক-মুমিদাং যুগ
অনি অসিদা পানখিগদবা নিংথৌনি তুগা 'মস্থ রাৎলি।

ইরা ঃ করিনো? করম্বা ঐথোয়না থংদবা ?

চৌকি : স্না-য়াথং !

সন্থা : মীওইবা গ্রহদা অহিংগী থৌনাগীদমক্ত পাল্লিবনি নওগী নি থৌগী লৈবাক্তি; 'তুগা 'মনা নওগী লৈবাক্তি, শুপ্পগী পানং রাফমদনি চুম্ব, ঐনা হায়রিবসে।

চৌকি : অচুম্বনি !

সন্থা : 'তুগা ঐদি মুঙ অমস্তুং পানগী কিদবা-অকিবা, নুংঙাইব অরাবা, গুনচেনবা চেন্দবা, পুম্নমক 'সিদ ঐগী লৈঙাক ওল্লিবা ?

ইরা : 'তুদি হায়বিয়ু, মতুনা খেন্নবা করি লৈ ?

সন্থা : খেন্নবা হায়ববু মতমগী মতুং ইন্না, থুইজিল্লক্লবা হকচাংগী থৌন 'কিদবা' হায়বা নুওগী রাফম 'মা শিজিন্নতুনা অমস্তা অহি দ নওনা লৈঙাক্লিনে নথস্তা

চৌকি : 'তুগা নিংথৌরেল নওগীদি।

সন্থা : 'তুগা ঐগীদি, মচল খরা শেমগৎতুনা, শাগৎপা পানগী শকফমদা লৈঙাকলুবগী মহুত্তা, মুঙদা মতমচুপ্পা লৈরগদব থৌনা অমদি থৌইশিন, ঐগী লৈঙাক্কী মথৌনি খঙভি, মুঙদ পিগদবনি মীওইবৈ থৌনা মতু কৈদৌঙৈ লে লোই; কৈদৌঙৈ-দস্থ হোংলোই।

ইরা : হায়বদি, মতু কৈদৌঙৈদস্থ হোংলোই।

সন্থা : হোংখিদ্রি, য়ুগ কয়াদস্থ হোংখিদ্রি

হোংখিরোই, য়ুগ কয়াম লাক্লগস্থ

চৌকি : হোংথিরোইদবা, তোংলরোইদবা

সন্যা : মানি, 'তু ওইরবদি নখোয় থংলগদ্রা ?

ইরা : করিনো?

সন্যা : কৈদৌঙৈ ঐহাক্না পান্দ্রনা লৈঙাক্লিবা
কৈদৌঙৈ মীওইবনা হিংলিঙৈদা লৈঙাকখিগদবা
'তুদি থাজরব্রা ?

ইবা : করিনো?

সন্যা : পানগী মীওইবা হায়বা 'গ্রহ' সিংগী ঐনা মুঙগী চাউরবা মীওইবৈ উপগ্রহদা চৌংলেম্না ঐনা নিংথৌরেল ওইনা লৈঙাক্লিবসে।

অনিমক : য়াজরে ঐখোয় যাজরে।

সন্যাসী : 'তুদি হায়রো 'নিমক কৈদৌঙৈ নখোয়না থংহনগনি, মীওইবা জাতি হায়বাসিদা। মুড অমসুং পানগী, নিংথৌরেলনা লৈঙাক্লি হায়বসে ।

অনিমক : ঙসিদগী হৌনা

সন্যাসী : ঙসিদগী হায়বসি ।

অনিমক : হুজিকমক, পুংফম'সিদৈ, মিকুপ'সিদৈ

সন্যাসী : 'তুদি লাওরো, থংহল্লো লৈবাক মীয়ামদা।

অনিমক : থংহল্লনি, লাওরসে ! লাওরসে !!

মীওইবগী মুড অমসুং পানগী নিংথৌরেলগী মমিংদি থরাই-রেলনি মতুগী মহুৎ শিল্লিবনা মাংদ লেপ্লিবসিনি।

শিংথানদে; লমচত্তী স্ব´গগী ব্বাফম্মী নত্তে মীওইবা ঐখোয়গী, পৃথ্বীসিগী ।

সন্যাসী : নত্তে ! নঙে ন্নুপী, লমচৎপু মাংলবদি লোইরবনি ন্নুপী করিনো নঙনা ঙাংলিবদো লমচৎনা ন্নুপীগী ফিজেৎনি; চাওখৎপা সমাজ অমদা করম্না ফিজেৎ য়াওদনা লৈবা হৌনবগে নুপী ?

কৃস্নু : অপংবা সন্যাসি ! কৈদৌঙৈ মীওইবা জাতিনা লমচৎপু থমত্রা; শুপ্নগী সমাজ 'সিগী নুপানা ফজবতবু শিংথাবনি ।

সন্যাসি : অঃ অৱাবনি । ঙসিগী সমাজসিগী মীওইবনা লমচৎপু ইকাই খুম্নদ্রবা ? মতুগী মহুত্তা লমচৎতগী ফজবনা হেনগ্রবা । লৈহৈদ্রে, সংসার 'সিদা লৈহৈদ্রে নুপীগী লমচৎ মাংথরক্লবা সংসার ! মীওইবই ৱাখল

কৃস্নু : অপংবা সন্যাসি; তাখোনে । ফজববু উরগা মীওইবনা লমচৎকী ৱাফম কাউথিনি নখোয়গুম্বা নয়ুম নকৈ পান্দ্রবা, সংসারগী হৌনবী খংদ্রবা নখোয়তনবু লমচৎ শিংথানবনি অতৈনদি ফজবতবু পাম্নে ।

সন্যাসী : লৈহৈদ্রে তাইবংপান্দ, পানহৈদ্রে মীওইবা, সংসারসি থাদোক্লো, মীওইবা জাতি নুপীগী লমচৎ মাংলক্লে, মাংলক্লে নুপীগী লমচৎ !

কৃস্নু : অপংবা সন্যাসী ! নঙগুম্বনা সংসার থাদোকপা য়াগদ্রা ঐগী ফজবা, নুংশিবনা লাঙ্গোই চনগনি খঙঙু ।

চৌকি : নিংথৌরেল নহাকপু ইকাই খুম্নজরি সমাজসিদা
[মরু লুক্না ইকাই খুম্নবগা লোয়ননা চংখিবা]

ইরা : নিংথৌরেল মুও অমসুং পানগী লৈঙাক মপু ওইরিবা সমাজদ ৱারবা মীওইবা কয়াবু নঙগী লৈঙাক মখাদা মতম কুইনা পানসনু মতুগা লোয়ননা ইকাই খুম্নবা উৎচরি
[মরু লুক্না ইকাই খুম্নবা উৎলম্নগা চংখিবা]

সন্ন্যাসী : হে পৃথ্বী, হে ভাইবও মালংপান কৈদোঔৈ পিক্লবা ঈচেল-সিনা, করম্না মতমদা 'মরু নঙগী ঈপাক্তা তিন্দুনা, অৱা-নুংঙাই কাওরগবা ? [মনু দগী কৃস্তুগী খোঞ্জেল্দ] লাং-শেকখ্রো, লমচৎ লংশেকখ্রো নমশিনখ্রো, খোঙবান্দা নম-শিনখ্রো, পাথি কোমপিদা হুনথখ্রো ।

সন্ন্যা : হে নুপী ! কারিবু য়োকখৎসিগে ।

কৃস্তু : [মনু দগী] সংসারদা, পৃথ্বীদা ঙসিগী মীওইবা জাতি করম্বনা করম্না মীওইব কনানা লমচৎপু শিংথানবগে 'লমচৎ' ? তি শিখ্রবা মতুংগী ইতিহাসনি নুপীগী, ঙসিগী সমাজদা, ঙসিগী মীওইবনা শিংথানরিবা নুপীগী ইতিহাসতি 'ফজবনি' ফজবা

সন্ন্যা : ঙাইখো নুপী সংসারদা, ঙসিগী সমাজদা লমচত্তগী ফজবনা ব্যাভার থম্নরবা, পৃথ্বীদা মীওইবা জাতিনা, নুপীগী লমচৎপু নাকোইনরম, ফজববু শিংথানখ্রবা !

কৃস্তু : মানি লমচৎ কাম্নদে নুপী ওইবীগী ফজবা, ফজরগা লোইরে, ঙসিগী মীওইবনা নুপীগী ফজবদা ঙাওহুনা লমচৎপু কনানা

সন্যাসী : চেল্লো পৃথ্বীদগী চেল্লো মীওইবা জাতি [চংখিবা]

কৃস্ন : [চীং-লেম্না ২গোই শাবীগী, ও-লমচৎ নাইদ্রবী ওক্তবী অমগী শক্তম ওইনা থোরকই] হে সংসার! 'সুক মুংঙাইবা সংসার, কদাইদা লৈরিবগে ? [মতোমতা] করম্বা 'সুক মুংঙাইবা সংসার মরমদি, ঐঙোন্দা পৃথীবিগী মুপা খুদিংমক্না ঐগী ফজবা উবদা থুয়া থাদা চংজরক্লি।

ইরা : [চংলকপা] মাম্নি, ঙসিস্থ ঐহাক চংলক্লি—

কৃস্ন : মুপা!

ইরা : হায়য়ু মুপী।

কৃস্ন : পৃথীবিদা লৈরিবা মুপা খুদিংমকসি ঐনা—

ইরা : মানি, অচুম্বনি মুপা খুদিংমক্কী ঈখোলাংবা, মুপীতনা কোক-হল্লি।

কৃস্ন : করম্না মুপী!

ইরা : ফজবা, পূক্নি না অপেনবা হায়বতুনা

কৃস্ন : নত্তে, ঐহাকপু মীনা, লমচৎ কাম্মী ঙাংনব্রা ?

ইরা : ঙাংনদে, কনানস্থ লমচংকী বাফম খন্নদে, ফজববু উরগা কাওব তাইবঙ মীওইবনি

কৃস্ন : নহাক শিংলে! কৈদৌবগে ঐগী চোকথরবা হকচাংসি তে-থংনবা পিথকউ ঐবু, হাওরবা য়ুগী য়াউম 'মত্তা।

ইম্মা : লৌজরুখিগে [চংখিবা]

কৃস্ন : [মতোমতা শোঙ্গবা] পৃথীবিদা হিংলিবসি, মী ময়াম্নি 'দুবু

ঐখোয় খুদিংমক অতত্তাই ওাক্তনি, ইথস্তনি লম্বেল 'সিদা চৎনবা লম্বেল 'তুদা ফংনবা।

সন্যাসী : [থোরকপা] হা মুপী! করিনো নঙনা 'তুক শাথিরিবা সমাজ 'সিদা হিংলিবা নুপী খুদিংমক্কী লমচৎ চগ্রিং 'মনা চেককোক 'মা মাংহববগুম মাংহল্লব্রা ?

কুসু : সন্যাসী ঐহাক চোকথরে, অহিং কয়া তুমদবগী। ও! মতম অদো লাক্লরোইদকো কৈদৌঙৈ 'মুক হল্লক্কবা, কৈদৌঙৈ-দগীনো, থাদোক্লরক্লিবসে।

ও! খংজরে ইথস্ত; পৃথ্বীদা হিংলি মীয়ামসে কান্নদে অরোই-বদা ইথস্তনি মীওইবা।

সন্যাসী : নথস্তনি খঙলব্রা নঙনা করিগী লমচৎপু থঙইদ্রি, মতম্মু শিংনরি।

কুসু : ঐগুম্বী মুপী লমচৎ য়াঙজদ্রবসু ফজবগী ঙমখৈদ লেপ্পুনা, মুপা খুদিংনা চংজফম ওইরিবী ঐবুসু, কয়াদ লাইনা হায়গ্রব, হায়রু সন্যাসী! নহাক ঐবু মুংশিদ্রা ?

সন্যাসি : নুংশি! নহাকপু মীওইবা অমা ওইনা মুংশি।

কুসু : নহাক ঐগী হকচাংবু কল্লক্কা ?

সন্যাসী : কল্লক্কে।

কুসু : অপংবা সন্যাসী 'সুক ফজবা ঐগী হকচাংসিবু অউবা মুপা খুদিংনা, 'মুক্তংদি হায়তুনা কল্লকপা পোক্লগা, নঙনদি ইরাই লাইখৈ, কল্লক্কে হায়রি।

সন্যাসী : মুংশিবদি মাংদবনি নঙগী হকচাংদি, খরা লৈরগা খুইথ-রক্লগনি নঙগী থোংজিন্দা লেপ্পন্থা খুদিংমক হনখ্রগনি; নঙগী নমথিবা, পৎল পুম্নবা, অশুইবা উনশা উবদা।

ক্বস্থ : মরমদি ?

সন্যাসী : কৈদোৌঙে, নঙগী হকচাংগী ফজবসি মাংদনা থমগদগে, কৈদোৌঙ নঙনা মতুবু থিংতুনা ফজববু য়োক্কদগে।

ক্বস্থ : হোয়,থরমখৈদি চুম্মী। চংজরকপা খুদিংমক চানবীবা হায়বসি মুপী ওইবীগীদি ইথোনি, হায়য়ুনে সন্যাসী নহাক ঐহাকপু পামব্রা ? ঐগী হকচাংসি কল্লক্র্া ?

সন্যাসী : কল্লক্কে, পামদে! 'তুবু মুংশি, মীওইবা অমা ওইনদি।

ক্বস্থ : করিগী কল্লক্কে, পামদে য়েংউ! ঐগী পুন্মুন তাবা পান্থোন থোংলবা হকচাং, লৈবনি মুপীগী হকচাংদ মুপাশিংগী ঈখো লাংবা কোক্কবা; কোল্লু, 'মুক্ত ঐবু কোল্লু লাক্কনি নঙগী ঈখো-লাংবা, মতোমতা থংহোদনা হকচাংদা।

সন্যাসী : মুপী! লমচৎ য়াওদ্রবা মুপী

ক্বস্থ : অপংবা সন্যাসী নঙদি ঈখোলাংবা কয়া ফংদবদগী পেন্থোকপা শারতুনা ওইখিবা সন্যাসীনি ঐদি অপাম্বা ঈখোলাংবা কয়া পেল্লবদি নোংম নম্রগা নোংমদি, সংসারগী হৌনবী চাংয়েং-নিংতুনা 'মুক্ত নান্থরক্লবদি নহাক শোয়দনা নমগনি লুখাক কোমদা। চেকশিনজো সন্যাসী, মতম 'তুদ নহাক পুন্যা তৌরুব্রা হায়ববু পাপকী কোমদা নমগনি।

সন্যাসী : নহাকনা খল্লি, নঙনা তৌরিবা লমচৎ য়াওদ্রবা শাজন্তু স্থ পূন্থা তাল্লিবনি । অং খনখো! ঙস্ত্রা য়েংউ! মীওইবা খুদিংমকপু পেলহনবা: ঐহাক চৎনবা থৌরাং তৌরগে ।

কৃস্থ : ঙাইখো, নহাক্ল ঐবু মুংশিরবদি ঙাইখো ।

সন্যাসী : মতম লাকখিনি, ঐনা নঙবু মুংশিবগী ।

কৃস্থ : কৈদোঙৈ !

সন্যাসী : নঙনা খল্লিমখৈ! চৎলে, ঐ চৎলে ফজবী! [থোকখিবা]

কৃস্থ : মহাক চৎখ্রে ঐগী মু শিবা চৎখ্রে, সন্যাসী

[চেস্থোক্লনা য়েংবা]

ইরা : [চংলকপা] ইচেম্মা! য়ু পুজরক্লে চোকথরবা হকচাং অহু তেখৎনবা সে! থকচিনবীয়ু অরুবা গ্লাস 'মত্তা পুন্সিবু শোয়দনা তাক্কনি অচুম্বা লম্বেল মীওইবৈ থৌনা পিগনি লিক্লি অসিনা ।

কৃস্থ : কদাই পিরক্লো!

ইরা : সে, সিদা লৈজরে ।

কৃস্থ : কদাই [পাক মুন্দুনা থকপা] থক্লগা, ঐহাক কনানো? কদাইদা লৈরিবনো ?

ইরা : ইচেম্মা পৃথ্বীদা নহাক লৈরিবা ?

কৃস্থ : নত্তে, মতুনা মীৎয়েংগী বানি 'তু নত্তবা, ঐহাক কদাইদা লৈরিবা ?

ইরা : পৃথ্বীদা ।

ক্লস্থ : ঐগী পূক্নিং, ঐ কদাইদনো ? মতম অমদা ঐহাক্না ?
হায়য়ু নহাক অদো নিংশিংলিব্র ?

ইরা : করম্বা মতম ?

ক্লস্থ : ঐনা ঐগী শাগৈ-নাতৈ, ইপুরোইবগী রাখল, রাখল কয়া 'সিনা খনজিল্লম্মী ঐগী লমচৎ। 'তুবু ঙসিদি, ঈখোলাংবা থুদোকখ্রে। ঐহাক লমচৎ য়াওদ্রে ঐগী পুন্সি !

ইরা : করিগীনো 'তুক চিংনরিবা ?

ক্লস্থ : চিংনদে, ঐহাক চিংনদে; পংথরে ঐহাক য়ুগী হাওরবা য়াউম অমনা পূম্নমক কাউথোকখ্রে, পূম্নমক কাউথোকখ্রে।

ইরা : ইচেম্মা, করিনোনো তৌরিহুবো।

ক্লস্থ : ঐহাক মতমগী মতুংইন্না, লৈশাবী, মো 'তুদৈ মতমগী মতুং-ইন্না, লুখ্রাবী ঙসিনা, ঐগী পুন্সি, ঐগী শেংলবা গঙ্গা তুরেল ঈচেন্দা, পৃথ্বীগী মীয়ামসি লুপ্লী তুরেলসিদা ব্রাহ্মন, বৈষ্ণব, বিজাতি মীওইবা কয়া, তীর্থ স্নান, গঙ্গাজল।

ইরা : ইচেম্মা, নহাক কৈনোম তৌরে চৎলসি মফম'সি থাদোক্লসি।

ক্লস্থ : কদাইদা হুজিকপু 'মুক ?

ইরা : হাম্নগী মফমদা।

ক্লস্থ : নত্তে ঙাইখো ঐগী বাসে তাখো।

ইরা : করি রাফমনো 'মুক তাকপিগদৌরিবদো ?

ক্লস্থ : করিস্থ নত্তে। [থাগোক-থাগোক্লা ঙাংবা] মতম অমদা লৈরম্মী, ঐহাক থংলম্মী ঐগী মুংশিবা, ঐগী মুংশিনবা

ইপুরোইবা পূম্নমকতু কৈদৌঙৈ 'মুক ফংলকখিনি, ফংল-রোইদকো 'তুবু হুজিক কনামত্তা লৈত্রে, পূম্নমক তাংনি মুন্না খিজিল্লুরবা, মুন্না খঙজিল্লুরবা মতমদা সংসারদ ইতোমতনি, ইতোমতনি সংসারদা।

ইরা : ইচেম্মা !

কুস্থ : 'তুনা ঐহাক ন্নংশিবা পূম্নমকসি থাদোক্লগ ইনিং তম্লিবনি ইতোমতা ! ইতোমতা ইনিং তমজরবনি। কদাইদনো লমথুংফম, পাইরগে মদু তাম্না? 'তুনা মরম ওইহনুনা লমচৎ থাদোক্করক্লে। সমাজগী করিগুম্বা অমত্তনা ঐঙোন্দা পুনহল্লে 'তুনা মরম ওইতুনা ফজবা মাইথোং য়োকখৎলগা ঐনা পৃথীগী নুপা খুদিংমক জয় তৌনবা লাক্করি।

ইরা : ইচেম্মা! ঐস্থ থক্লগে য়ু! পংথহল্লগে হকচাংসে। [লিক্লি মনিংদৈ য়ু চিন্নুনা থকপা, ঙাওফিং-ঙাওফিং তৌরগা] ফজবনা জয় তৌবা ঙমদবা কনা লৈ, কনা হিংলি মালেমসিদা পূম্নমক ফজবৈ মীনাই ঙাক্কনি।

কুস্থ : সনাগী মথক্তা তম্ফা থিনবগুম ফজবৈ মথক্তা ঐনা, জগোই শান্নুনা পৃথীগী নুপা খুদিংমক মিরাং থাকলি।

ইরা : ফজবীগী মিরাংদ থুদবা অপংবা তিলংকাং, কনা লৈরি জগৎ-সিদা।

কুস্থ : মনিং তম্লবী ঐহাক্না, জগোই ঈশৈ শান্নুনা ইনিং তম্না শাজ-বদা লমচৎ নাইবা কনানস্থ থিংবা মতিক লৈতে। মীওইবনা

মীগী খন্নদে: মাশা-মশাগী, ঐস্থু ইশাগী, ইশাগী ইরন্নাই।

ইরা : জগোই শারো ইচেম্মা, শক্কৎলো। ঈশৈ জগৎ-সংহারগী শিবগী তাণ্ডব জগোইগুম ঋতু সংহারগী কামগী অনৌবা তেঞ্জিন্ন, য়ুরসন্থু থম্মোই খুদিংদা, নুপা খুদিংগী !

কৃস্থ : ঈশৈ শক্তুনা জগোই শাবা — [নুংশিবা ঈশৈ অমা শক্তুনা জগোই শারি]।

চৌকিদার : [চেন্তোরক্তুনা কিনা-খংনা]

করিনো তৌরিবসিদি, পূন্নমক মাংলে।

ইরা : কনানো তানিংদে, লাংগন্থু মফম 'সিদি স্বর্গনি !

চৌকি : নত্তে ! নত্তে ! পূন্নমক ওন্নরে

হে পৃথ্বী ! তুম্না উকুল ওনখ্রো লুপখ্রো সমুদ্রদা ও ! পৃথ্বী কৈদৌঙৈ 'মুক ওইরকখিনি অশেংবা খুভম পৃথিবীসিদা; নঙগী খোঙদাফম; কৈদৌঙৈ 'মুক হল্লকখিনি। অশেংবা নপাউ য়েন্নবা, অচুম্বা লম্বেল তাক্লবা কৈদৌঙৈ চঙখিবনো পৃথিবীসিদ কৈদৌঙৈ হুনখিবা মক্লনো ? ফজবনা লমচৎপু খোঙনেৎনখ্রবা শেনবু য়োকখৎলগা নঙগী নমিংবু মুথৎলিবা। হে মীওইবা ! নোংমদি শোয়দনা তেংথারনি খুদাং পিফম তৈদুনা, নিংবা কায়রবা নচাশিংসে, নঙগী মাইকৈ য়েংদুনা কৈদৌঙৈনো মতু লাক্কদবা, পৃথিবীদা 'মুক হন্না, কৈদৌঙৈনো মীওইবনা থল্লক্কদবা থম্মোইন্নুংদ 'তুক হন্না।

ইন্না : কৈদৌঙৈ ! কৈদৌঙৈ কৈদৌননি ? কৈদৌঙৈদস্থ হল্লক্লরোই,

কৈদোঁউদসু লাকখিরোই। চৎলো, তানিংত্রে চৎলো মফম
'সিদৈ চৎখ্ৰো, কায়রনি সংসারগী থোরাং।

কুসু : জগোই শাবা কায়রগনি, লেপখ্ৰো, নওগী অপাম্বা ফোং-
দোকপচু লেপখো। কৈদোঁউ লাক্কনি অওনবা! পৃথিবীগী
য়াইফনবা কৈদোঁউ চৎখিনি পৃথিবীদৈ; ফত্তবা কয়া পুতুনা।

ইরা : পূন্নমক কান্নব্রবনি খল্লুরন্নু—

চৌকি : কৈদোঁউ পুরক্কনি মতম্না, ঙাইজরিবা পৃথ্বীদা;
কৈদোঁউ খলহন্নি থম্মোইদা; মীওইবা অওনবা;
কৈদোঁউ! কৈদোঁউ! মীওইবা জাতিদা
কৈদোঁউ! কৈদোঁউ! মীওইবৈ থম্মোইদা
কৈদোঁউ! কৈদোঁউ! পৃথ্বী জগৎসিদা
কৈদোঁউ! কৈদোঁউ! ঈখোলাংবা কনাদা

ইরা : ৱাৎলি-ৱাৎলি;
ঙাইবা ঙমদ্রে, কৈদোঁউ
পৃথ্বী জাতিসিনা কৈদোঁউ
মীওইবৈ থম্মোইনা কৈদোঁউ
ঐখোয়-ঐখোয়না কৈদোঁউ! কৈদোঁউ!

কুসু : কৈদোঁউ ঐদি।

চৌকি : কুইররোই।

কুসু : কুইররোই! ঐহাক কুইররোই!

ইরা : য়েংউ পৃথিবীসি!

কুম্বু : হা কৈদোৗরে ?

চৌকি : অং কৈনো'মা তৌরে ।

ইরা : কৈদোৗরে !

চৌকি : তু য়েংউ ! [খুদোম্বীনা কোয়থিন থিল্লহুনা] পৃথিবীদা বসন্ত লৈতরে, নাকেম্থানা লৈতেংলে পৃথিবী অশিবা হকচাংগী শরু ম্পৈনা মায়কৈ খুদিংদা নিংঙমদবৈ নিন খোংবনা, তাইবঙ শিল-থুংনা নিংবা কোয়বৈ শকফম্না, লৈচিল মথক্ত কুপ্লি । চেনখ্রে পৃথিবীগী তুরেল 'পুম্বা মীওইবৈ পীরাংতনা, লুপ-খ্রগনি মীওইবা 'স্থক পেম্নদ্রবদা তাইবঙপান লুপখ্রো, লুপ-খ্রো পৃথিবীস্থ সমুদ্রদ, লুপখ্রো নল্লগা লাক্লো নহাক, তাইবঙপানসিদা 'মুক ঙাইরি মীওইবা কাংলুপ্পা, আশানা থল্লবা থম্মোইদা কৈদোৗঙে নহাক 'মুক্কং, কৈদোৗঙে পৃথিবীদা 'মুক্কং কৈদোৗঙে কৈদোৗঙে ! নহাক কৈদোৗঙে পৃথিবীদা কৈদোৗঙে !! মীওইবৈ থম্মোইদা কৈদোৗঙে !

কুম্বু : য়েংউ ! মীওইবা জাতি; মীওইবা পূম্বা থা তাখ্রে কুপশিল্লক্ল-গনি হুজিক্তি 'মম্বা ঙাক্তনা পৃথীসি কৈদোৗঙে মুংথিনি মঙাল ! কৈদোৗঙে লাক্কনি মঙাল !! কৈদোৗঙে পৃথিবী মঙাল !! নঙগী মঙাল 'স্থম 'স্থম মমশিনখ্রে থা তাখ্রনি মঙাল পুন্থনা পৃথিবী মমহৌরনি ঙাইখো থাজ ঙাইখো হে নুপী ! পৃথিবীগী নুপী পূম্নমক থাজনা থোক্ত্রবদা, মঙাল য়াওদ্রবা পৃথিবীসি 'মম্বা ঙাক্তনা কুপশিল্লক্লবদা, কনা লৈরি য়েংবিমবা নঙগী ফজবা

মাইথোং; 'মম্বা কয়া লাক্ত্নমু,অঙনবা কয়া লৈত্নমু লমচত্তি খোংথাংনি লৈরি, মাইকৈ খুদিং নিন খোংনা।

কৃস্থ : মমশিল্লক্লবদি, ঐহাক কান্নদে 'সি নত্রা ? মফমসিদা লৈর-রোইদ্রা ? ফজবগী নাপল;

ইরা : লৈররোই, ফজবৈ নাপল লৈররোই থাবলগী মঙাল তাংত্নুনা 'মম্বা অহিংনা ফজবনি ফজবগী মপাল তাংত্নুনা মুপীশিংনা পোঙবনি, থাবল মঙাল শামগ্রবদা, ফজবা মমি শামথ্রবনি !

চৌকি : [নোংথক্ত খুদোম্বী থিন্দুনা] ত ! উত্রা মীয়াম পূম্নমক [থাজনা 'স্নম 'স্নম তাথরক্লি] মসিগা লোয়ননা মুপী ! উনশা থুইজিল্লক্লে অহল ওইশিল্লক্লে! কৈদোঔৈ পৃথিবী 'সিদৈ নঙ ।

কৃস্থ : করি ঐহাক অহল ওইশিল্লক্লে । [মমাই, মখোঙ-মখুং নান্দুনা য়েংবা] খংহৌদেদা : কৈদোঔৈ অহল ওইশিনথিবা; পূম্নমক মাংথ্রবা ! কনামত্তা লৈত্রবা ঐগী।

ইরা : মমশিনখ্রে, পৃথিবী মমশিনত্রে, অমম্বা ঙাক্তনা খংহৌদে মী-ওইবনা উনা উনা কুপশিনখি। পৃথিবী য়েংনা য়েংনা ঐখোয় পূম্নমক ! ঐখোয় পূম্নমক !

চৌকি : কৈদোঔৈ কুপশিনখিনি কৈদোঔৈ ঙাম্থোরকনি; পৃথিবী : অয়ুক-মুংথিল মুমিদাং, মীওইবা জাতি কৈদোঔৈ !কৈদোঔৈ !! কৈদোঔৈ ঐখোয় [নোংচুপ থংবা চীংয়াদা থাজনা 'স্নম 'স্নম তাথগ্রি]।

ইরা : লৈবাকমচাশা থা তাখিদৌরে ঐখোয় পুন্নমক মঙ্গা তারেদনা পৃথ্বী মমদৌরে, পৃথ্বী মমদৌরে

চৌকি : থা তাখ্রবদি লৈবাকমচাশা মমলনি পৃথ্বী মন্নি, ঐখোয় পুম্ব মন্নি।

কুম্ব : 'মঙ্গদা ঐখোয়না তৌগদবা করিনো ? পৃথিবীদা ঐখোয়না তৌগদবা করিনো ? য়েংউ ! য়েংউ !! বিদায় পুন্নমক য়েংউ ! [থা মচেং'ম চন্দ্রগ্রহন তৌদুনা উন্নগা তাখে]।

চৌকি : মশ্লে, পৃথিবী মমলে পৃথিবী মাইকৈ থুদিংমক শুক্লা মমখে]।

ইরা : মরুপশা ঐখোয় মশেল উনরিব্রা ?

চৌকি : উমদ্রে, মশক খংনদ্রে ঐখোয় 'মভা খংনদ্রে চেল্লো ঐগী ঐগী উপাই য়েংনরসি, চেল্লে।

ইরা : ও ! চেল্লসি চেল্লসি: ইথন ইৎকুগী য়েংনরসি মরুপ-মপাং থিনরগুমসি 'তুগা মরুপশা কৈদৌঙৈ 'মুক থেংনগনি।

চৌকি : মতম লাক্লগা; চেল্লো ! চেল্লো !! উপাই য়েংনসি মীওইব-শিং নঙগী-নঙগী, ঐগী ঐগী, [ময়াম চেন্নবগী কোয়লাং লাংবা খোঞ্জেলগা লোয়ননা চেন্থোকখিবগী তামখিবগী মথোল]।

কুম্ব : [অহল ওইরবা শকফমদা নাহেবা] ঐবুদি কদাই, ইথন্তা মালেম'সিদা: ও ! কৈদৌঙৈ থাদোক্কুনা চৎকনি মফমসি কৈদৌঙৈ থাদোক্কুনা লাকপনো মফম'সি। মফম'সি করিনো শুক্ল মমবসিনা খংদ্রে করিমত্তা নোয়োকলা-স্বগ'রা পাপলা-পুন্যরা ! কৈদৌঙৈ, ঐহাক কৈদৌঙৈ হনখিনি।

সন্যাসী : য়াম্না চীং লেম্না মঙাল 'মা পুত্থনা চংলকপা লাংতক্নবগী হে মুপী !

কুস্থ : [য়াম্না ৱানা নাহেনা] কনানো ঐগী অরোইবা মতম'সিদা ঐগী নাক্ত লাক্নুনা ঐবু কৌররিবা !

সন্যা : [কুস্থবু কোনখৎপিরদুনা] ৱাহুনা থাজগী ফজবা শকফমবু উম্নবস্থু চন্দ্রগ্রহনবু তৌরবদি, কুপশিনখি পৃথিবীসি 'মম্বনা: থাজনা তাখ্রবস্থু, 'মম্বনা কুপশিল্লি পৃথিবী ! 'দুবু মম্বনা কুপশিনবা ঙমদনা লৈরি ।

কুস্থ : মদুদি কনানো ?

সন্যা : অশেংবা ! অচুম্বা !! আত্মা পরমাত্মা ।

কুস্থ : নত্তে মঙালনি ।

সন্যা : অপংবী ! মদু নত্তে । মুমিংকী মঙাল লৈচিলনা থৎলি ৱাহুনা উম্মী; সধ্য গ্রহন তৌবদু উখ্রবদাই ।

কুস্থ : সন্যাসী !

সন্যা : হায়য়ু মুপী ! নঙগী ফজবদা কল্লকপা মুপাশিংদু কদাইদা, কদাইদা ঙম্না চৎখ্রবা 'মত্তা লাক্ত্রবা ?

কুস্থ : 'মুক পল্লগম্ব সন্যাসী ! ঈশিং ! 'সন্যাসী ঈশিং ! মৈচাক ঙমলক্ত্রে, ঈশিং খুয়া 'মত্তা ঈশিং ! ঈশিং ! সন্যাসী ঈশিং ঈ শিং, খু য়া, 'ম-ত্তা, ঈ-শিং ।

সন্যা : [খুজাইদৈ ঈশিং ইনবিবা] তাও, মুম্না মুপী ! তাও নঙগী ফজবগী কল্লকবগী মহৈ নত্তে ঈশিংদু শুপ্নগী মীওইবৈ থম্মোই শেংনা মু'শিনবৈ ঈশিংনি ।

কুস্থ : ফ-জ-বা পূ-ম্বা মাং-খ্র-ব-স্থু ঐগী মু শিবদি মাংদ্রবোই; মুংশিবা মা দবগুম, লমচৎ মাংদ্রবস্থু মঙলগী মতৌগুম 'মম্বদা ও ! ঐ ! য়াম্না ৱারে [লেকথখিবা] শিবা ।

ইরা : [চংলকপা] সন্যাসী! নহাক কৈদোংঙ লাকই।

চৌকি : [চংলকপা] সন্যাসী !! নহাক কৈদোংঙৈ চংখি।

সন্যাসী : মতম অদু লাক্লগা।

ইরা : পৃথ্বীসি 'মম্বা কোক্তুনা কৈদোংঙৈ ডাগ্রক্কনি।

চৌকি : কৈদোংঙৈ অঙানবা মুৎখিতুনা মহাক্না পৃথিবীসি কুপা

সন্যা : থংদে, 'তুবু থাজবা 'মদি লৈ।

অনিমক : তাকপিয়ু প্রভু !

সন্যা : শেংদবা! অরানবা !! হুরানবগী, মশাতগী খনঃ অমম্বা হায়বসি হায়বনে।

অনি : 'তুগা অঙানবগীদি।

সন্যা : অশেংবা। অচুম্বা !! মীওইবৈ খনবগী অর্থনি হায়বসিনা।

অনি : 'তুগা সন্যাসী নঙগী কোক্তদি মঙালনা কোয়শিল্লি

সন্যা : মঙাল ওইরম্লোইমম্ মি ওইরিনি [Image of trut

ইরা : হায়য়ু ! নহাক কৈদোংঙৈ লাকই ?

চৌকি : হায়য়ু !! নহাক কৈদোংঙৈ হনখিনি ?

সন্যাসী : কৈদোংঙৈ হায়বা !

অনিমক : অং কৈদোংঙৈ !

সন্যাসী : ঐদি নখোয়গুম্না, কৈদোংঙৈদস্থ লাক্লে, লে দ্রব কৈদোংঙৈদস্থ হন্দে [অনিমক 'মগ, 'মগা ওনশিঃ

সন্যাসী : য়েংউ ! নোংঙাল্লমদাই ওইরক্লে।

লোইরবা

## অইবগী ফোংথ্রবা থর—

- শৈরেং—

  থম্মোই-তেংথা

  কেতুকী

  রাংমদা

  খুত্তেকপত্তুগী শৈরেং

- ড্রামা—

  চিত্রকার

  সুরন্ত

  শ্রীমু

  ফৌওইবী

  লংমাই পীতঙা

  ভোট খোম্বা

- উপন্যাস—

  কনানা হায়বিগনি

  কনাদনো হুক্কদবা